# "অপোম্ব-থম্বাল"

খোংফম
চানা শেম্বীবা
মংদনা নোঙাখ্রুবা
৺চাওব গোপাল সিংহগী
খুয়াথাদা শকথংহৌদ্রবা পংলবা নচা তোম্বাংনা
শাংকায়ক্লিবা 'অপোম্বা-থম্বাল'
কচ্চক্লি লংনবিদনা লৌবিয়ু
অপোকপা নচাগী
খুদোল।

অইবা
শ্রীমাইস্নাম কেশো সিংহ
মাতৃভাষা "রত্ন"

মমল ১৫১




অফোংবা
শ্রীনাওরেম ইবোতোম্বীসিংহ
মেম্বর, মণিপুর নাহারোল সাহিত্য সভা
ইম্ফাল

কপি মশিং ১০০০,
অহানবা ফোঙবা ১৩, অগস্ট ১৯৬৯ ইং



মখুম য়েকপা
R. I. C. S.

ব্লোক শাবা –
এ, তোম্বা সিংহ
বাংখে, ইম্ফাল,

পুস্তক অইবগানি,

নম্ফম
পেবেদাইজ পাব্লিশিং হাওস পাওন রোড

# মত পীবিরকপশিং

## অপোম্বা থম্বাল

শৈরেং ইবগী অহানবা কলম খুৎথাদা হৌরকপা "অপোম্বা থম্বাল্গনি।" পোম্নবসু পোম্বগী মফম অদুম ফংহৌরি। য়াথলগী লাইজ ঈরেল থিত্তুনা নীং-থিনা মখোং শোম্বীতনা শৈরাংনা শৈশাৎ তমলক্রবদি হেন্না ফজবা হেন্ন পূক্নীং হুবা শৈরাং অমা ওইরক্কনি হায়রবদা চিংনবা শৈতে।

প্রমোদিনী দেবী।

তাং ১৩৮৬০ ইং

## মিৎয়েং অমতং

শ্রীমাইন্নাম কেশো সিংহনা ইবা 'অপোম্ব-থম্বাল' পাকবদা ইলাই লাইনা মুংঙাইবা অমা পোকই মরমদি অইবা অমগী পুন্সিগী অহানবা খুৎমাবদা য়ায়মক তেন্না ফজবগী থাক য়ৌফাৎত্রবসু সাহিত্য সমাজগী তুংইন্বা অমা ওইবা য়ারক্তে। লাইরক অ সগা মমুংদ চেল্লিব শৈরেংগী ঈচেল, রস, অলঙ্কার, তাল অমসুং ছন্দ পুন্দুনা অইবনা মফম মফমদা অমদি নিংলু নিংলুবদা খোজে তাখিবনি; উপন্যাস অমসুং নাটক য়েংলুবদা মুংঙাইবা যংলকপা অদু 'অপোম্ব থম্বাল' শৈরেং নাচোমদসু অদুম্মক ফংই। অইবগী মশাদমু ইনিংবগী ইথিল চেন্দবা নত্তে।

"লাংম নোংম হৌথবে,
হয়েং-হয়েং শৈহৌরে,
ওসি কয়া হৌথরে,
চহি কয়া শুথরে,
এতনা ঙমহৌদরে
ইখৌতনা শৈহৌবে….." অচুম্বমক্তি অইবগী খোইজ,

মসিনা লোইরে হায়বনিংঙাই শৈতে। হায়নবা অম শৈ... "কনাগুম্বনা মহাক্কী পুন্সিদা কংরগুম্ব থবদ হোৎনরমদ্রিবা মদু মহাক্কী পুন্সিদা পোকচমব মহৈ য়াত্রি" অদুনদি হোৎনবগী মথা পোনবগুম কবিনা শৈরিবমথৈ কল্পনাগী ঈচেলসু লোইখিরোই থল্লি, য়াম্না হেন্না ফজবগী থাক অদুদি অপোম্ব থম্বালদগী মথং মথং শাৎকাইরকপা খুদিংমক্তা শৈরে, মসিদা অইবগী হাৎনবু নিংহন্নবা শৈতনা থৌনা হাপকৎপগা লোয়ননা সাহিত্যগী জগৎতা লময়ান্বা অম ওইরকনি থল্লি।

আগষ্ট ১৩ | ১৯৬১ ইং

শ্রীয়ুম্নাম নন্দ সিংহ
ফাইনান্স সেক্রেটরি,
মনিপুর নহারোল সাহিত্য সভা, ইম্ফাল

"অপোম্ব থম্বাল" শ্রীকেশো সিংহ অপোম্ব কবিন ইব পাজরে। অহৈ অশিং কযাগী মতৌ তম্ব বাইহ বাতা, ছন্দ তাল ... ....... অনৈব লেখক, কবি নচিং হন তৌব হৌনব পুন্নমক তমজরে। য়াম্না বানা থম্বাল অপোম্বন ঈশিং মনুংদগী থিঙ্গৎলক্লুন নুংশিৎ নুংশা ফংনব লাক্লুৎঙেম হাৎনবনি উবদ থাগৎতব ঙমদে। উইল কল্লবদি হোৎনব লেপত্রবদি থহাজনা লৈজব-শিবিক উৎতুন ফুগাইন শাৎপগুম, অউব পূম্বনু শুমহৎপগুম, নোংমদি শোইদন শাৎলনি অপোম্ব কবিগীসু

মুন্ন পাবিরিবশিংন কবি মচানিন হায়নীংব বাড় চপ চান ফোংবদি ঙমদ ফোংদি ফোংনিং, মতিক চাব বাহ হাতদি মখুন লাম্ব ফংদব ফংগে ফংগে তৌব, লুন লুপথব ঙমদতুন থম্মোইগী ঈনুংদ, হথেনব বাথল থরদং থুঙ্গৎলগ পুখৎনব হোৎনব, অপোম্ব থম্বালগী মচু মঙাল শুদ্রিব কৈনা থরদ উৎ, ফুগাইন শাৎলব থম্বাল চাম নিপাল অঙাংবগী মনুংগী মচু মনম, লৈরিক্কি উৎপ ঙম্ফাৎত হোৎনরিব মতৌসি উবিবগ মুংঙাইরব লীলা অমনি হায়ব থঙবিনি।

মতাংসি য়ৌরবদি কবি অপোম্বসি অবাঙ্গদগী খুৎলাম তোয়ন তোয়ন কৌরকইব মঙাল মংক অম উরক্লবনি, চৎপ ইন্নব তন্দ্রগ হেন্নোই পেংনব শোইদবনি।

জি, সি তোংব্রা।

শ্রীমাইস্নাম কেশো সিংহগী "অপোম্ব থম্বাল" ঐহাক্না পাক্লবদা নোক্লিংবা কপ্লিংবা, অল্লা-তেংথাবা, অমসুং দেশ ভক্ত অসিনচিংবা মথল শুনা থেংনবকই অতুগা বাইহ বাতাসু থোইদোক্ল্লে। নহা ওইরিবা অমনা ফাঙমদ্রবা বাথলদগী থোরকপা শৈরেং ঙাক্তনি, ফজৈ-ফজদে থোইনা থনবা লৈতে, মহাক্কী অনিংবা অতুতবু ফোংদোকচবনি।

পুন্নমক হন্না হন্না হোৎনরগা ফজরকপা ঙাক্তনি, পোকপদগী লোয়নরক্লবা গুণ চেনবা ওইসনু, ইবগী থৌন অসি য়াংদ্রেবদি শিংথানদ্রবনি, অতুবু শ্রীমান কেশো সিংহ ইনিংবগী বাথলদি লেপ্পা উদ্রি। অইবনা ইনিংবগী আশা হন্দ্রবা মতম অতুদনি কবিগী লাইজুবা।

তাং ১৩ আগষ্ট—১৯৬৯ ইং

শ্রীলোংজম কৃষ্ণগোপাল সিংহ
ইম্ফাল

## তৌবিমল থংচবা

ঐহাক্না লাইরিক ফোংনবা হোৎনবদা প্রেসকী অচৌবা দায়িত্ব লৌবিখিবা ইয়াম্বা শ্রীবাবু সিংহ মেনেজর পেরেদাইজ পাব্লিশিং হাউস অমাদ থোইদোক্না লাইরিক অসিগী মনুংগী অশোয়-অঙাম য়েংশিনবীদুনা লেখক্না অহানবা থুৎমাবা অসি মপুং ফাবা অমা ওইননবা শিনবিখিবা পুকচেল চাওরবা শ্রীথোকচোম ফলেন্দ্র সিংহগী মফমদা পুক্নিংগী, লমন তোঞ্জরে।

অইবা

# য়াহৈ খরদং

অরাবনু কাঙহম্ন থম্মোয়গী লেংদ্রব, মুংঙাইব পীবা ওম্বা অশেংবা মরুপতি কবিতাদনি ; তশেংবমক, কান্নব কয়াবু ফজবা মওংদা উৎতুনা খংদবব্ খংহনবা, উদববু উহনব য়েং নিংদববু য়েংহন-নিংবা পোকহনবা, হন্না হন্না পানিংবা তানিংবা পোকহনবা ওম্বা, মতুবু ঐখোয়না খংনৈ, অশেংব 'সাহিত্যকাব"।

অতুবু অরাবদি ঐগী 'অপোম্ব থম্মাল' কবম্বা মখলগী লৈশক-নো : কবিতাগী নাচোমদা মশক তাকপ য়ানা থোকই, মবমদি সংসারগী লেংই পাত্রিবা পোং খুনিংমক অফ-ফত্ত ফজবা, অখিবা, চংনবা চৎনদবা থোদোক কয়া টবা শংই অসিগুম্বা ফিভমসিদা, মতৌ কবম্না ঐগী কবিতাগী মশক মওং তাক্কনি ওইথোক্লরোইদবা য়াফমনি ; অতুবু কাওঙ দবদি ··

"কোর্ব্বাক মাঙদা থা
থোক্তৈ খুংতা পায
পলেমগী নিংখবা থোংচিলংশৌ।"

মতাংসিদনি ঐগী অহানবা শৈরেং খোন্থোক— 'নংদি করিগী লাক্কে' 'কোকিলদা তেংথা' অমসুং মঙ ফুরা' অসিনচিংবা ; তশেং-নমক ব্যাথা তৌরগা মনুংগী মচাক চৈথেং ফংলগদত শৈরেংগা মগুন খংলকই কবিনা হায়রম্মী ..........।

**"वियोगी होगा पहला कवि, आहसे निकला होगा गान ;**
**उमड़ आँखोंसे चुपचाप वही होगी कविता अनजान।"**

অহৃ ওইরবদি ঐদি কবিগী গুন চেনবা থম্মোয়স্থ নত্তে কনা মশুং-সাংগীদমক অম্বা তেংথাবস্থ নত্তে; অহৃ ওইরবদি ঐগী 'অপোম্বা থম্বাল'' করম্বা মখম্গী মশক তাকপা সাহিত্য নাচোমগী মথেলনো ?

অওইবমক ঐগী শৈরেংশিংদস্থ চৎলু চৎলুবা, লৈরু-লৈরুবা মক্ষম অহুদগী পোক্লকপা রাখম্লনা লমজিংদুনা ঐগী শৈরেং শৈশক্তস্থ মমি তাথি; করিগুম্বা মতমদা পাবিরিবশিংগী মক্ষমদা থম্মোয় শোকপা রাহে, থোইদোক্র পেন্দবা কয়া য়াওরম্লবস্থ, অমুক নিংশিং-বীরকপা তোবীদনা 'থম্মোয়নুংগী লৈকোন্দা শাৎচপা শীংঙেল লৈ-রাংনি কাওবীনু'' অহুগা কন'গুম্বশিংনা অরা-মুংঙাই ইরোইমিম্লহুনা "অপোম্বা থম্বাল'' অমত্তং হেকপা ফংবিবা থোক্লবদি, ঙাইহাক্তং খন্থবিবগ পুক্নিংগী থাগৎ রাহৈনা হম্না য়েংলম্বা মতমদুদা ঐস্থ হোৎ-নজমন মহৈ য়াল্লে খন্দুনা হরাও তু-জুংন হোৎনজমন অরা-পিরাংলক্তা মোম্মোন নোকচগে।

শৈদমজবা

# হিরম লামায়


| | | |
|---|---|---|
| ১। | কচ্চবা | ১ |
| ২। | নংদি কবিগী লাক্তে ? | ২ |
| ৩। | কোকিলদা তেংথা | ৫ |
| ৪। | হৈরবা ? হিংহোনব ? | ৬ |
| ৫। | মালেম নত্তে স্বর্গনি | ৭ |
| ৬। | মঙ ফুরা | ৮ |
| ৭। | কেনত্রবদা | ৯ |
| ৮। | তিন্নখিদ্রব ঈচেলদা | ১১ |
| ৯। | লাইরব ছাত্র | ১৩ |
| ১০। | খোম্লাং'মন | ১৩ |
| ১১। | অত্তবু কদায় ঐদি | ১৪ |
| ১২। | লেংশিং মৈরা | ১৬ |
| ১৩। | তমলম্লবোই নু শি ইপাওসে | ১৮ |
| ১৪। | তাশৈব শিংদা | ২০ |
| ১৫। | অমুক্তং খন্থরুবদা | ২১ |
| ১৬। | কনাগুম্বী শৈশকপী অমদা | ২৫ |
| ১৭। | লৈরাংদো খোইমুদো | ২৬ |
| ১৮। | মালী | ২৮ |
| ১৯। | পাইথ্রো পোম্বী | ৩০ |
| ২০। | ঐগী পুন্সি | ৩১ |
| ২১। | খোংলখিগদ্রা ? কোকিলদো | ৩৩ |
| ২২। | নং নত্তরা ? | ৩৪ |
| ২৩। | প্রেমীগী অরাবা | ৩৫ |
| ২৪। | থম্মোয়-লৈকোন্দা | ৩৬ |
| ২৫। | চীংগী ওঝা অমদা | ৩৯ |
| ২৬। | মতমদো | ৪১ |
| ২৭। | কনানো ? | ৪২ |
| ২৮। | অপোম্ব থম্বাল | ৪৩ |

# কস্টবা

শোমজবা চিগোংলৈ নাচোমসে,
তিংখংলক্তগী মনজবা লৈরাংসে।
মমৈ মকোক ওনশিন্ন শেমজবসে,
লংলাস্ত কোমগোম হৈতনা পুঞ্জবসে।
নাগোম ফা-দ মনা 'মানিস্ত,
লৈরাং লৈচলশিং চনখ্রবস্ত
নাগোম লৈ-শি লৈথোন হৈত্রিবনা,
পংলবা মিৎতাঙবগী খুংশানা।
মনজপা তিংখংলক্তগী খুবি খুদোন্বীনা,
কচ্চবসে ইমাগী খুয়াখাদা নচানা।
মাধবী, তথেল্লৈ, উরিরৈ, নাগেশ্বরগুম লৈনম চেন্দ্রবস্ত,
হৌরকফম, শাংফম, লৈখোক-লৈখোঙ শেংদ্রবস্ত।
মিংকুপ অমত্তংগী নমজবা মনমদো,
খুংশন্ন চিন্নাংস্থাক 'মোমোন' তৌজবদো।
স্বব মুক্তং থিংন চিংখৎনা নমজবদো,
উরগা ঐস্ত পিরাংলক্তা মিংকুপচবদো।
মিংকুপ 'মতংগী 'মোমোন' নোকচবা ফংজবদা,
য়াল্লবনি ঐগীদি কচ্চমন-মহৈ মিংকুপ্তুদা।

# নংদি করিগী লাক্তে ?

নুমৎস্তু যুংত্রে,
নুংশিংস্তু লেপত্রে,
শাব-নস্তু থেংত্রে,
নংদি করিগী লাক্তে !

নেমত্রে নুংশাস্তু,
হুমলে মালংবস্তু,
ইংলে থম্মোয়স্তু,
নংদি করিগী লাক্তে !

সন্ধ্যাগী অচিকপদা,
চেক্লাস্তু য়াতাত্রে ফৈরাদা,
নাওকোনত্রে মথাদা,
নংদি করিগী লাক্তে !

পূর্ণিমাগী থাজনা,
রাবক্তগী মশেক্লা,
তরং তরং লিরি লিবিনা,
নংদি করিগী লাক্তে !

চিকপনা থেংত্রে,
থাবংস্তু ফাত্রে
লিক্লানস্তু চোৎত্রে
নংদি করিগী লাক্তে !

চীংয়াগীদি তময়াদা,
হানোনা লেং-লেং চৎপদা,

বসন্তস্থু থুংলরবদা,

নংদি করিগী লাক্কে!

নোংঙাল্লমদাই অহিংনি,

অচিকপদ পামজবীনি,

ফজবতগী তুং-ফমনি,

নংদি করিগী লাক্কে!

নোংপোক খোঙস্থ হংলক্লে,

চিংখৈ ল ইংখৈস্থ য়াহৌরক্লে,

অনৌবা ফিজোল হোংলক্লে,

নংদি করিগী লাক্কে!

মুমিংকী মশেক মৈরক্লে,

নোংচুপ চীংদোন য়োরক্লে,

চীংমাই তঙাং তঙাংলে,

নংদি করিগী লাক্কে!

মখুংত শাজৈ পাইখরে

মখোংদা খুগ্রাং তোংশিনখরে

লৌমীসে লৌবুক পাংখরে

নংদি করিগী লাক্কে!

মাইগৈ খুদিং নিনখরে,

য়োংলম কুংনা চংখরে,

লৌরি শাবস্থ লোইখরে,

নংদি করিগী লাক্কে!

চারা শরুক তমখরে,

চাকয়োম খুদোং পালোইনখরে,

লোশংদ চাকয়োম থাখরে,
নংদি কবিগী লাক্তে।
মচি ময়া শংখরে,
খুংলোনবস্থু য়াওখরে,
চাবা ওক্ক পৈশিনখরে
নংদি কবিগী লাক্তে!
বসন্ত মতম হোখবে,
নোংজুখা মৈ-মুৎন চুপ্তখরে,
মেরা থাবলস্থু মমখবে,
নংদি কবিগী লাক্তে।
মণ্ডন-মণ্ডন খল্লকলে
ঐগী পিস্থু থকবিদবে,
লৈ বিননা চুখবে,
নংদি কবিগী লাক্তে।
চালেম তম্পাক চোংখরে
মফম খুদিং লূপখবে।
লংদম কৈদ চংখরে,
কদায তান্না চেনখবে,
নংদি কবিগী লাক্তে।
ফাম্নে খংনা চেল্লবোই,
মফম চনা লোংখ্রবোই,
তাইবং মিনোক কিরবোই
নংদি কবিগী লাক্তে!
"কদাইদা চংখ্রে ঐগী 'কবিতা'!
ঐগী হাংলবা থম্মোয় 'লকা সুংদা'"
নংদি কবিগী লাক্তে!

# কোকিলদ তেংথা

পাইরবম্লো কোকিল মৈতৈ লৈকোইপুঙদা !
খোংলরো পামেল খুদিং ফৈরাখক্কা ॥
শুঙ্গাংখ্রে শিকারগী লিলগুম যন্ত্রনা !
ঙাওখ্রে থকলুরবা কৈংখামগী ময়াইনা !!
কোবঙংদ্রবা লাইনাসে মীপুম খুদিংদা !
থুংখ্রে শিনবা কয়াং ইন্দ্রিশিংদা !!

কামলে শক্তম লোৎনা লিলগুম !
ঙংলরে, তান্নরে চিক্লরে কৈগুম !!
হেঃ শক্তি লৈরবা 'অঙম্বব ঙম্বা" !
নোইরদ্রি নোংনা ফুয়না হৌরবা ॥
'বসন্ত' লৈংকান্দা রাহোংন করিগী ?
খোংলদ্রি মৈত্রবাক্কা কোকিলনা করিগী ?

হাইহনবদি ঙম্লগা নিংতম জয়গী 'ফিরালদি''।
মুখাৎপা কোকহনব ঙমদ্রি করিগী 'হূ'বুদি ॥
নিনহল্লরো অনৌবা শৈশক্ক লৈকোইপুঙসে।
শেমলরো অনৌবা 'বসন্ত' মুক পোক্লফমসে।
চোংহল্লরো ! অনৌবা য়েন্নিং কংলুরবা হৈ-লৈ উপালশিংসু /
শাংহল্লরো ! ফুগায়না লৈনম চেন্না পোম্লম্বা লৈরাংশিংসু ।

## হৈরব্রা ? হি-হোম্বা ?

হৈবব্রা হি-হোনবা ?
নৌ-য়াওদনা হি-হোম্ব ?

খংলব্র ? লম্বীদো ঈপোম ঈথক্কা ॥
মাংখ্রবদি কবিগুম্বা লম্মাংনদুনা ঈযাইদ ॥
লুপখিনি পুন্সিদো ইথক্কী ঈতম্ম ॥

হৈবব্রা ? হি-হোনবা ?
নৌ-য়াওদনা হি-হোম্বা ?

ঊবি ঈথক'স অবাপ্পদ চাঁংহুমগুম ॥
নল্লববদি কবিগুম্বা ঈ য়াইদ নংঙোন্দদুম ॥
লুপখিনি হি-বেনস্থ কাইখিনি কোঙ্গোলগুম ॥

হৈবব্রা ? হি-হোনবা ?
নৌ য়াওদনা হিহোম্বা ?

হেন্থখিনি পৃখিনি নিংঙমদ ঈপাক্ত ॥
ঙমখৈ লৈতনা, লমথুং থংদ ইথক্ত ॥
য়ৌখ্রবদা হল্লকলবোই পুন্সিসে খুদক্ত ॥

হৈবব্রা ? হি হোনবা ?
নৌ যাওদন হি-হোম্ব ?

# মালেম নত্তে স্বর্গনি

সনাদা তম্ফা থিনবা মণিপুরসে,
স্বর্গনি ঐখোয়গী শেংলবা পোক্কফমসে !
স্বর্গ-পাতাল অনিগী মরক্তা,
ফজনা পুক্রিং হুনা মর্ত লোক্তা ;
লৈরেসে ইমাংদ শং শংনা স্বর্গস্থু,
উরেসে লেপত্রব 'বসন্ত'গী ঋতুস্থু ;
সিদগী হেন্না ফজবা লমদমসে,
শিরবস্থু মক্কম কৈদ ফ লোইসে ;
স্বর্গগী সুডাইবা মপোক্তা তাইবংদা,
চাংদম্নরুন্থু কৈদস্থু ফংলোই মপোক্তা ;
অবেন্বনি স্বর্গগী মঙ লৈরিবঙে লৈকোয়পুঙদা !
শিরস্থু সিদনি হিংলিভৈদস্থু পোক্কফমদা !
হোংলে'ই মফম অতোপ্পমুক স্বর্গদা,
তোংলরোই লৈ-দোলাই অমুক স্বর্গদা ;
শেংলব পোক্কফমসে ঐখোয়গী স্বর্গনি ;
"মণিপুর" ঐখোয়গী মালেম নত্তে স্বর্গনি !

## মঙু-ফ্রা

নিংখাইত্রে ঐগী ফুরা,
শাজরম্বা আশাগী দলালদো।
নিংঙম্বনি "তাজমহলগুম" পৃথিবীদা,
লেংদবা উরোং খিল্লমগেদো।
মঙলমবা মহাক্কী শকতমদা,
শোইদ্রে লেংদনা শারগেদো!

× × × × ×

অদুবু— লোইত্রে ঐগী মতম,
কাইত্রে ঐগী মঙলান।
হোত্রে নিংঙমদ পুন্সিসে—
ওঃ কয়াদ রাংলম্বা ঐগী দলান।
মিংবুপ্ত মাংত্রে নিংখাইত্রে,
তোইত্রে মচে-মচেৎ লৈখা তানা।
থোকত্রে অমুক মঙুতম্বা,
তুম্বসু মাখিদ্রে কাইগ্রবনা॥
অতিং নুংথিল চুপ্পদা,
তুমদ্রবদা শকতমদো মঙলানগী।
ঊগনি করম্ম ইমিৎসিনা,
পাংন-পাংন মিৎয়েংদগী॥
বুপত্রে লৈচিল নোংঝাইনা,
খঞ্জিনত্রে উ ফংদ পুন্সিগী॥

## কেনখ্রবদা

"থেংনরুবস্থু কেল্লমদায় খোঙ্গোলমেলৈগুম,
শাৎলমস্থু পুন্সি বসন্ত অয়ুক্তগুম"

\+ + + +

পুন্সি হিদেল্ তোর্ব্বান্দা
চীংয়া ত-য়া শুকপদা,
পামেল্ উরোং উয়োক্তা
চেৎনা লুনা উন রক্তা ॥
লৌবুক-লঙ্কাং ঈশং শং,
কনা উদ চীঙকোয়পুঙ্ ॥
থেক্লা খোয়না খুল্য় ইদা
হিদেল্ তোংরৈ তোর্ব্বান্দা,
হায়থ-হায়থ উপাল্শিং
জম-জম উনাশিং ॥
কনা উদ্রি মহাক্তী
লাইর পুন্সি মপোক্তী ॥
পামেল্ ফৈরা থক্তুদা
পন্থো পলেম্ শায়গোন্দা ॥
হরাও মথোয় কাত্নুনা
পুন্সি মুংঙাই মায়ওক্লা
অরা নোংদম নিংশিংদা,
শাৎলমই লৈরাং'ম তোর্ব্বান্দ ॥
নেমতক্ তৌবা উপালনি

খুৎনা লাম্বা ফ'বনি,
ইবাই লাইনা শল্লুইদ
লৈরাং 'মহূ' কল্লম্‌ইদ ॥
শীংঙেল্‌ মাবু হেল্লগা
লৈরাং নাচোম্‌ শেম্লগা,
পুন্সি থোৌদা পাংলগে
'মপু' খুয়া তম্লগে ॥
থোৌজাল্‌ মিৎয়েং মিতারুবদি
লৈবাং হেক্‌কে থোৌরাংলুবদি,
অশুম্‌ থোক্কনি খল্লুদে
লৈখোক্‌ লৈ না য়েংলুদে ॥
লৈনম্‌ চেন্দে থংলুদে
মহৈ য়াল্‌লোই নিংলুদে ;
লাইম পঙই ঐহাক্‌সে
পঙনা পাল্লী তাইবংসে ॥
শীংঙেল লৈমন চল্লম্‌লে
লৈবাং লৈখোক লোয়রমলে ॥
নুংশি ইতাৎ ওইহোৌরে,
লৌনম্‌ তোৌবা তাহোৌরে ॥
থম্মোয়না পামজরুবা লৈরাংদো
খোইদান শাৎলম্বা শীঙেল্‌দো ॥
পামেল্‌ তম্ম কারুরে ।
শীংঙেল্‌ তম্ম লাম্‌লুরে ॥
নুংশি শহুম্‌ ফংবদা ;
পুন্সি নাচোম শেমহোৌদা ॥

ঈয়াই থক্তা ব্রা-ব্রা কেনখরে
ইখুৎ-মরু লাম্বদি ফংহৌদরে ॥
ঐব্ করম কাওশিগে
পুক্লিং উনগুম ইংসিগে
থম্মোয় নুঙগুম-কনসিগে
পামেল্পথক্তে করম-কুমশিগে
ঐবু করম কাওসিগে
থম্মোয় নুঙগুম কনসিগে ?

নোংচুপ কমেং
তাং ২ । ১ । ৬৭ ইং

---

## তিন্নখিদ্রবা ঈচেলদা

লম্ফাংননা চেল্লিবা ঈচেলসে ।
তিন্নররোই ঈতিনফম লমথুংসে !
ঈহৌ লৈত্রবা ঈচেলগা, লেপত্রবা ঈহৌ ঈচেলগা
লমথুং কৈদ চিল্লোক্ররুনি ?
লমদম কৈদ ঈতিন্নরুনি ?
ঈহৌ লৈতবা ঈচেলদা, ঈনোৎ হৌদবা হিদেলদা
পুন্সি হিনাও হোম্বরুবদি,
মুংশি 'খুলং 'শৈ" শক্কৎলুবদি ;
লম্মখাংদ তত্তুনা কংলম্লনি, পুন্সি মতোল লোম্লনি ।
লেপত্রবা নংগী ঈচেলনি,
অতৎপা লৈত্রবা ঈহৌনি ।

ঽৈখায় থিনগাই থোক্তনা, হিনাও নৌরেন পায়দুনা।

ঈতিনফম য়োনা চেনখিনি।

য়োনিং লমদমদা হোন্থখিনি।

থম্মোয়দগী হৌবকপা ঈহৌদা, ঐগী আশাগী তোর্ব্বান্দা।

রাখলগী পবিং হুন্দুনা,

পুক্লিং পল্লি ফাহুনা,

পুন্সি ঈচেল ঈহৌদা, লেপ্ত ঈচেল অংত্তদা।

শকমিন্নবগা স্থর অংত্তদ,

থাগিন্নবগা তান্থা অমত্তদ॥

তোংমিন্নহুনা হিনাও অমত্তদা লানমিন্নবদো পুন্সি ঈচলদা।

তমখিদ্রবোই লাইবক্তা পন্থংদো,

য়োনিং লমদম পাংবদো।

ঈতিন্নববোইদো ঈচেল অমত্তদা, ঈতিনফম, সঙ্গম, ঈরো ডুদা।

ঈহৌবককম, চেন্থফম লম্ফানবিবনা,

চেন্থখিনি ঈচেলস্থ তিন্নদনা।

ঈহো নায়বা ঈচেলনা চেন্নখি ঈপাক্তুদা, ঈহৌ নৈতবা ঈচেলনা থকখি লম্মখাংদা।

লম্ফাংননা চেল্লিবা ঈচেলসে।

তিন্নবয়োই ঈতনফম লমথুসে॥

ইম্ফাল

২১।১।৬৮ ইং

## লাইরবা ছাত্র

চবি তংলে ইপুকস্থ, কংগ্রে থোপস্থ,
চোকথগ্রে হকচাংস্থ, থেক কোল্লে কলাপস্থ ;
কৈদনো আশা, কৈদনো পুক্নিং,
কৈদনো বসন্ত কৈদনো য়েন্নিং।
ঙমদ্রে তাল খাব, চোংব চানবা পুংথোল,
হাপঙমদ্রে ঙাগোম খুংঙ্খেক, চানবা তাল ;
কৈদনো আশা, কৈদনো পুক্নিং,
কৈদনো বসন্ত কৈদনো য়েন্নিং।

ইন্দ্র'ল
তাং ২৭।৮।৬৯ ইং

---

## খোম্লাং'মন

ইমা! করিগী কপাসি তেংগা নাওইনা,
মিংলুগী পিরা' কাদ্রবদা নচাশিংনা,
থাংসিগে করম খা-চিক্কুন' ;
তাসিগে করম ইমাগী তেংথাখোন,
কাওসিগে করম ইমাগী লমন ;
শিংসিগে করম ইমাগী খোম্লাং'মন।
ইমা! চাওজরে পাম্বোমদি পলেমতগী অমৃতনা,

উচ্চারে চেসিদি তাইবাসে ইমিংনা,
নিত্তাঙ্গিদা খেমবীদো পিকলিঙৈ ঐনা ;
খাংলরে ইংগ ত্তম্ব কাকৈ—কাকৈনা !

ইমা ! চাওজারে ঐসে নহাঙ্কা নতম্পাক্তা,
খে কৃসে ইংবোল্ স্থ শেংক্কাত্ত খোঙ্খোক্ক ;
অ ভক্-অকায় নৈবং খোক্ক ইরোন্সে,
শেনজবা অব্রাই খুংযেক্কা খুদোলসে ,
তুন্জারে মকস্থ ইবৈংাক্কা চায়সে ।

ইমা ! তমরে নৈশাংতি পো শ্বাম-পোঙ্খোম্ব,
শে জবা নাচে নসে খুদোল্ শক্ক ;
তম্রমন্দাস্থ লাইবকন শিংভাক্রব মপোক্কা
শোন্জবতনা খে রা জ পোনশাংনবসে পিনাং লক্তা
কচ্চির হাগ্রুনা আপাস্ব নৈরাংসে
সাহিত্য শেম্পাক্ত ।

কাং মাং
তাং ১ ১০।৬৫ ইং

---

## অদ্রু কদায় ঐদি

নহাঙ্গী শকলোন-পুবী শাইজনবীনি,
লাইরেম্বী !
কেতুকীদগীম্ব হেম্ন কৈনন্ চেল্লবীনি,
লৈম্ব শিনি !

অদুবু।  কদায় ঐদি নহাককুমদে,

চংখোন্দে !

লৈ-হিস্নু চেন্দে লৈনমস্নু ফাওদে,

লৈ'ম্নু'শিদে !

বিক্সাগী ল ইবেম্মীনি নপিং চংলবীনি,

শকখংলবীনি !

অদুবু।  কদায় ঐদি মিৎতাংলবনি,

অপংবনি।

সঙ্গ ফগীনি, হৌন-খংবীনি জ্ঞান লৈববীনি,

অশিংবীনি !

তুংগী যুম্নাবননি অনৌবা মঙালগীদি,

মৈবানি !

অদুবু !  কদায় ঐদি সঙ্গস্নু লৈজদবনি,

মীচমনি !

তুংগী অম্নমনি চাওখৎপগী মঙালদস্নু,

মৈবানীনি !

ন না ঐসে উরগা কবেম্নরকনি,

নে'কনিংগ'ন !

অদুবু।  খংই ঐ, খুদিংমক অবেম্বনি আশা;

কান্নদবনি !

কদায় ঐদি নংতগী রাখলদ লেল্লি,

মতমচুপ্পদা।

মিংকুপ খুদিং হকলী নুঙ্থঙ্ পায়দুনা ঐগী,

থম্মোয়দা !

পোম্খি লৈরাংস্নু, তম্খি লৈ-শাৎ কয়া,

কনা উদনা !

তমসনু নোংদন্না মপুঙ ফাবা নাচোম্‌স্থ,

শীংঙেল্‌স্থ !

লৈনম চেনবা অশেংবা মতম চুপ্পদা,

নংগীস্থ !

চেল্লসনু ঈচেল্‌স্থ অতংপা লৈতব',

ঈচেন্দ !

'সাহিত্য মন্দির' তম্ন তত্তনা খক্তবা,

ঈচেন্দ !

নংন ঐগী কবিতাগী ঈফুংনি,

খেংনি !

অত্নবু ! কদায় ঐদি,

অত্নগা ! কদোমদনে ? বসন্তদি !!

---

## লৌশিং মৈরা

ইমা। নংনি মহৈগী লাইবেন্থৌনি !

পান--হৈবাস্থ নহাকনি !!

সংসারগী অন্ধ—নুংঙাইস্থ নহাকনি !

অশিংবস্থ নহাক্কী নপান্নি !!

ইমা নত্রবদি চাওথোকচব অরেম্বনি !

কান্নদ্রবা ঐগী হকচাংনি !!

হিংলিমখৈ চাগনি হিংনবা চাবনি !

চাদ্রবদি শিগনি অরাবনি !!

আত্মানা হকচাং পোলাংতমক থম্নমনি !

মতমদুদা ঐগু মাংখিগনি ॥

ঐগী শিংচং কৈদ লৈগেনি ।

ইমানা চানবীদ্রবদা অরেম্বনি ॥

ঐনা হিংলিমখৈদি লৈকাইনা খংননি ।

মরূপ-মপাং থরতনি !!

অদুগু মীশক খব হৈখৈতনি ।

ঐগী মিংচক্তি হিংলিউৈ মিৎকুপ্তনি ।

শিগ্রবদা শোন্নবদি ইমুং থর খৈদনি!

থুপগ্রবদা শোইননা তাকখিনি !!

কনানা শোন্নবোইদবা ঐগী পুন্সিনি !

পাংদ্রবসু খন্দুনা নচামকনি,

পণ্ডলবা নচাদা থৌজানবিযু ।

মতমচুপ্পা নতম্প্যাক্তা নাওকোনবিযু,

নিজবসে ইমা ! অসিতদি পীনবিযু—

"লৌশিং--মৈরা"

বিষ্ণুপুর

তাং ৩।৭।৬৭ ইং

# তমলম্ররোই নুংশি ইপাওসে !

তম্ররোই পাওদমসে,
পাওদম্ররোই ইপাওসে,
ফোংঙমদ হৈচাকসে ;
খিববা লাইবকসে,
তমলমদ মপোকসে,
নংগী ঐগী পুন্সিসে ;
খেৎন মতিক মহেল্লে, নুংশি মৈচাক থাংবন্ন ;
থম্মোয় কায়না মলেল্লে, নুংশি পাওদম্মদ ঐহাকন্ন ॥

নোংম নোংম হৌখরে,
হয়েং-হয়েং লৈহৌরে,
ঙসি কয়া হৌখরে ;
চহি কয়া শুখরে,
ঐতন ঙমহৌদরে ;
ইথৌতন লৈহৌরে,
তম্রম্ররোইনে কৈদৌনুংদ নুংশি পাওদমসে নঙোন্দ ;
পাওদম্ররোইকো কৈদৌনুংদ নুংশি ইপাওসে
নঙোন্দ ;

পাংদ্রবা ঐগী থৌনানা,
য়াংলবা নংবু করম্ন,
তান্নসিগে করম্ব খোঙজেম্ন' ;
চৎমিন্নসিকো খোঙলোই ওইনা,

খামসিগে নংবু করম্না,
মুংশি নকাদা নাওথেমত্নুনা ;
তম্নম্নবোইদ মুংশি পাওদমসে নঙোন্দ,
পাওচমলরোইদ মুংশি ইপাওসে নঙোন্দ ॥

থংখোয় শুক্মং খোঙ্জেলদ',
ঐগী মুংশি রাহৈ-দা ;
থংম্মোয় মকা লান্দদা ।
ঐগী অশেং পুকচেলদা,
পুন্সি লমথুং তানবদ' ;
নংগী পেললোইদবা নকাদা ।
তমলম্নবোই মুংশি পাওদংসে নঙোন্দ ।
পাওদম্নম্নরোই বৈদৌনুংদা ইপাওসে নঙোন্দ ।

পুন্সি লমথুং তানবদো
খোঙলোই মরুপ ওইবদে ;
পামজৈ খন্ন মুংশিদা ।
থম্মোয় পেন্ন শেঙৈদো,
নংগী নিংবা থুংলোইদো ;
ঐগী পুন্সি কেমনিদো ।
নংগী নিংবা কায়গদবদো খল্লুবদা,
তম্নম্নবোই মুংশি ইপাওসে নঙোন্দা ।

ইন্দ্রাল
তাং ১।৪।৬৯ ইং

# অশৈব-শিংদা

শকপিরো ! অশৈবশিং অপুনবগী খোম্থোক্না,
থিরুবা পুয়াদগী মাঙলুরবা স্থবনা ;
খিন্থবনু অমুক মতমসে ঙসি হয়েং,
ফুইনা হোরকলে নোংলৈ-নোংথাং ॥

কুপললরনি মিংকুপ্ত উন-উন ঈথক্তা।
তাওগ্রনি লুপগ্রনি-তনিক-তনিক ঈথক্তা ;
কাওহিনি ঈনাংস্থ নিংঙমলোই পুন্সিদ,
থেংনজগে লাণফমদা মায়য়োক্ননা মতমসিদা ॥

শিন্নবিবো স্বয়ংসিদ্ধি—খুদলাই শকলেপ-শকলোল ;
কাইবীরোল ময়েবলে দ মালোল-ইহেকলোল।
কান্নদ্রে ফংলশু তম্ফা-খুদোপ য়াই-ওইবা,
লুপ্তনিংদ্রে লমসিদা মরু—চাবদো মহৈ-য়ান্দবা ॥

খোইদাদবে "পলেমনা" হুরাল্লুবা লনগৈদো,
ইনাক-খুনবগী মবলদো অশিং-শাবা মহৈদো ;
কুইদে হায়নৈনে অশেবা, অরোনবা লনগৈদো।
ইবৈবাক্নী ইরলদো অশেংবা, ঐখোয়গী পুকৈদো ॥

ইনিং তৌনা ঙাকচগে,
থম্মোয় পেন্ন শকচগে;
পুন্সি মিকুপ লানজগে,
অব্রা-অনা কাওজগে ॥

ইম্ফাল
তাং ৪।৫।৬৯ ইং

## অমুক্তং খন্থরুবদা

ইনাকখুনবগী সমাজদা
মহৈ লৈগীদি খোঙচত্তা,
লৌনমগীদি ঈচেল্দা
ববিগী তাঙথরুবা
হে ! অপাম্বা ॥

লমহেনবা কৌবা রাখলনা
শারুরি 'ব্রাংনা কবিগী
নংগা আশাগী
ফুবাদো নিংশিংনবগী;
হে ! অপাম্বা ॥

পুক্লিংগী নোংলৈনা নিংথাইখিনি
নিংবা কায়বগা লোয়নখিনি,
কবি'ত্রুক কাহেন্না
শারুরি ব্রাংনা ;
হে ! অপাম্বা ॥

'তিক পা চাদনা
'তুংগী আশা মাংওইননা,
করিগী খোঙকাপনা
বামজাও হুন্দুন ;
হে ! অপাম্বা ॥

লাইরৈ খংনা লুংঙাইনিংবা
মীওইপোককী পুন্সিরা অশেংবা,

মুন্না তোহো
মুন্না খন্থহো;
হে! অপাম্বা॥

উচেক অচৌবগী চাওনা
চেক্লা অপিথক্কীস্থ পিক্কা,
শাগনি মহুম—
নোং যুদনবা
হে! অপাম্ব॥

কখিগী থম্মোয় কাযবিবা
উরপা নুংঙাই য়াইফযা,
করিগী পেম্মদবি
করিগী খোইরাংলি;
হে! অপাম্বা॥

যেংউনে রাখল লংহেনব
নংনদি তবাইনা খল্লিবা
ঈশ্বরগী থৌজাল তন—
পুন্সিসে ওইদ্রিবা;
হে! অপাম্ব॥

স্বর্গগী কুবেব পুবৈদগী
থাওজাও পুবকপ নত্তবনি
হোংনবা কনবদুনা
ওইবনি হোংনমলনা;
হে! অপাম্বা॥

অব্রা অনা খাংদুনা

চৈথেং কয়া কিখিদবনা

ঈশ্বরম্ন লৈরিবনি

তাইবংম্ন মিহৌনরিবনি ;

হে ! অপাম্বা ॥

হৈনিংবা ঃহৈ তান্দুনা

থংনিংবা লৌশিং খিদুনা

ফংখিবনি ফংখিবা

মখোয়গী য়াইফবা

হে ! অপাম্বা ॥

লাইবক্ত তম্ব তাবনে

ঈশ্বরগী শকলোন মানবনে

ঋতুবা মথৎগী

ওইদব থল্লুবদগী ;

হে ! অপাম্বা ॥

কৈদৌনি নংনা ফজ্রবদা

নংনা মরুনি পুন্সিদা,

লুনা নিংবদা

কংনিংবা খুদিংদা;

হে ! অপাম্বা ॥

কদাই ! অদুবু রাখল

কদাই ! অদুবু পুক্নিং

করিগী খুদোংথিবা

নশানা তাহল্লিবা

হে ! অপাম্বা ॥

থংনা থংনা তাইবংদা

খুদোংথিবা থোকহল্লি হিংবদা,
থক মহুন্না
তোরোইদবনি হিংবনা;
হে। অপাম্বা!
করিগী হন্না লাইবক্তা
কবিমুংগীদি ঈশ্বরদা তাইনবা,
নোমদি - নোমদবা
য়াগদ্রা ফংনিংবা
হে! অপাম্বা॥
করিগী পোত্থাদ্রি অপংবা
করিগী হন্থনা য়েংদ্রিব,
করিগী থম্মোয়দা
অরাবা পিরিবা
হে! অপাম্বা॥
নংগী আশাগী তোবব্দা।
ঙন্না উগনি শোয়দনা,
থম্মোয়না পাম্বা
পুক্লিংনা নিংবা,
হে! অপাম্বা॥
নশন-নতোমদা-নংন'
করিগী কায়হে'রুবিবা ঙন্না,
থম্মোয় রাখলদা
ওইদবগী লৌনমদা;
হে! অপাম্বা॥
অশুক থিনা শাথিবা

নংবু করম্না থাওমদ্রিবা
থম্মোয় শোক্না
পামজরবা অতুবা
হে! অপাম্বা ॥

---

## কনাগুম্বী শৈশকপী অমদা

শৈশকখি শৈশক 'মা বসন্ত অয়ুক্তা
তাখি তাম্নবা পোম্পুন্দ তান্থক ইথক্তা ;
শুমহংখি অয়ুক্তুং তাবদা মরাহৈদো
উখি শক্তমম্ব শং শংবা ফজবদো ;
কয়া মুংশিন' মেংনা শকখুবা
শোকলুবদা শৈনায়গদোবোই 'তুক থোংলিবা ;
শৈরেংবীনা শৈশকপী থম্মোয় শোক্ল শকপরা
মেংনা শকপবু থম্মোয় 'তুক থোংপরা ?
মুংশি পাওদম্না, চিরোল হৈবীরা
অমম্বা লৈচিলদা নিয়তি ওইবীরা ?
ঐবু লমদম কৈদা চিংবিরি
কদায় তাম্ন পুবিরি ?
শোংলবা নারক শীংলক মরক্তা
ফলক-য়েংখি লাংগী মরক্তা
মফম কৈদা য়োরুনি
লমথুং কৈদা থুংলুনি ॥

# নৈরাংদো— খোইমুদো

নৈরাংদো খোইমুদো !
ইবেম্মাদো নুংশিবীদো !
চান্নবীদো মাঙ্গদো !"

অকন্নবা খোল্লাওনি "ফেমেলি প্লান্নিং,"
যামদ্রবদা অনি "নত্রগা অহুমদং ;
মথংগী নাওবোন চহি অহুমগী মতুং
য়াইফ-নুঙাই য়ুম্মাল ইমুং খুদিং ;
পাংথোক্লবা থৌশিল্ ইশাগী থৌদাং ।
নৈরাংদো-খোইমুদা ......

চানিংঙাইদি নৈত হৌ-হৌ, য়ৌ য়ৌ অবাবদগা—
কন্ননবা উপাইদে, কদাইদনো ঐপোইগা ;
চায়াম পোক্পা অঙাওবা, হিংনবগা—
রাখল্দা ঙাওরি নৈত লাইরগী :
মচা-শিংবা লাওরিদো, মনিং থুংদবগা ।
নৈরাংদে খোইমুদো............

শেম্বী শাবী রাৎপদি, লাইর পুন্সি তাম্বনি,
য়ুম্মাল-মথোং চাদবদি, থিজিন্ খোৎচিম্ রাৎপনি
মচা-মশু মাঙবদি, মপোক্-ফত্ত শেম্বনি
কোক্পা চৎদবা লায়নাদি; মমচৎ ফত্তে তাক্পনি ;
পাম্নে খুৎলাই থৌশিন্দি, পাপ্-মত্তে প্যানি ।
নৈরাংদো খোইমুদো ........

পূকচেল্—অমুক্তং ফাজিল্লু।
রাখল্ পূক্লিং লাক্শিল্লু॥
য়াইক যুম্বাল্ কাওথিনু।
থম্মোয়-ইবাং লাংবিনু॥
শম্লাং ইফা খাথিনু!!

নৈবাংদো-খোইমুদো..........

নৈবাক্-শেম্বা ঐখোইনি!
ইমা লাইবক খৌবিনি॥
য়াই- যুম্বাল্ কোকতবি!
খোবাং-খুদিং পাংদবি॥
মীথোই মীহেন্ ঙম্দবি!!!

নৈবাং দা খোইমুদো .......

মীকোক শাংথানবা হোংবনি!
করিগী অতুক রাগনি॥
পুকচেলস্থ খব ফাজিননি!
থবকস্থ কন্না মশুনি '
কৈ দ লাইব তাল্লুনি '॥

নৈবা দো-খোইমুদো...........

তাইবং-মিৎকুপ্ত রাম্নুসি।
য়াইফ যুম্বল্ পাংথে নসি '।
না-চুংবিদ-অরেম্বনি শন্নসি।
অফ-মুংঙাই তাল্লুসি!
য়েঙ্বীনা যেন্নাওগুম্ কোক্নুসি !!!

নৈরাংদো-খোইমুদো............

চা-বোক্তে কৈ দা রারুনি!

অমাং-অতা ভাইবংনি !!
পুক্লিং শান্তিদা লৈহোনি !
পাপ নত্ত পুন্যনি !!
অরা-অনা কোকনি !!!
লৈরাংদো খোইমুদো !
ইবেম্মাদো, মুংশিবীদো !!
চান্নবীদো, মাঙ্গদো ।

---

## মালী

ষোংখিবদা পুমহাঙ হাঙলে লৈকোলসে ।
শাংলমলবদি করিগুম্ব লৈরাং মত্তং শিজবসে ॥
নিংলম্বনি কৎকে মহাক্কী মফমদা ॥।
করিদি কৎকনি ইথু-না ফংবদা !
কদোমদা শাংশিনি মিংনা উবদা ॥
ইরাই লাইসা ইফোং ফোংবদা ॥।
খেংশিবদা ইহাঙ হাঙলসে লৈকোলসে ।
শাংলম্লবদি করিগুম্বা লৈরাং মত্তং খিজবসে ॥
পুঙলি মনাদি ইশং শংনা লৈপান্দা ।
কদায়দনো শাংলমগদবা পোম্বোম মনারক্কা ॥
ইথক হোনা মালংগী ইপোমদা ॥।
ফংখিদ্রে খিবদা শাংকাইরবা লৈরাংসু ।

লৈহি চেন্দ্রবা লৈমন চন্নবম্ম ॥
কংচনিংই অমত্তংদি পোমশাংনবা লৈরাংদো।
কদাযদা পোমলিগদগে অবাপ্পদ শী হেন্নদো ॥
খিরুগনি কদোমদা মীনা উখিদ্রিন্নদো ॥।
লোম্ম থুপ্পা, তরাং তরাইন — ।
ফংন্দবোইক্রা নিংগিবসে, নিঙমদন থুপখিদুনা ॥
লোংখ্রবা ? কিদুনা লৈচল খংদ্রবব্ৰু ।
নাচোম হৈতবান খন্দুনা মান্নীব্ৰু ॥
শাওবত্রা ? লেপত্রবা থম্মোযনা এব্ৰু ॥।
য়েংখিবদ পুমহাঙ হাঙলে লৈকোলসে।
শাংলম্নন্দি কবিগুম্বা লৈরাং 'মত্তং থিজবসে ॥
হৌখ্রে পুর্নিমা অফবা পুংফমদা।
থাবল ফববা চিন্নবা অহিংদা ॥
তনিক, তনিক্লা তবং লাইজনা,
শিন্থবি'সে নিংবা কায়না লৈপালশিংন ।
শিন্থবি'সে নিংলুদগী পিবাংনা।
কচ্ছরি লৌবিয় অসিতদি নাচোম শক্লা ॥

কাংমোং
তাং ৩।৫।৬৬ ইং

# পাইখো পোম্বী

পাইখো ! পোম্বী মীরৈবাক য়োনা,
পল্লগম্মু অমুক নিংঙাইবা তোদনা ;
ননিং তৌনা অথিংবা লৈতনা,
খিববো অনৌবত, চাকবে হবাওনা ।
ফংগনি অহুত মুংঙাই পুন্সি,
পেনগনি পুক্নি নিংতম্বা নপুন্সি ;
নিংতম্বা পাংদ্রা ? নহাকপু পোম্বী
নংগা নুংঙাইবা এগী মনীন চান্নবী ,
পাইখুবদা নংনা কবিগুম্বা মকমদা,
কাংদোংলমউ ঙৈহাকম্মু নিংকুপ মতংদা ;
খো লমউ ! পোংনা নখোদো থৈবাথক্তা,
তমলমউ পাউজেলসে, বসন্ত লৈকোল্লক্তা ,
হংলক্লবদি কবিগুম্বা চেক্লা মান',
মীনুংশি খংনা থম্মোয় শোক্লা ,
তাঙ্গাতুদা তম্বীবমউ পোম্বী অসুম্না:—
'হিংলী মহাকতো 'পোম্নুংদ' শিবা ঙাইদুনা ।"
পাইখো পোম্বী মীরৈবাক য়োন ,
তঙ্গুবো পাউজেল মুংশি শৈশক্লা ;
খোংনুবে খোঞ্জেনগী নিববা সুবদা,
ঙংনুবো বীনাগুম শুক্নাংপা স-র-গ-ম-দা !

পরেংবা খুল
তাং ৬।৮।৬৬ ইং

# ঐগী-পুন্সি

আঃ লায়না মাঙইদা ঐগী পুন্সি !
ওঃ নিংবা কায়দা ঐগী পুন্সি !
খল্লব্বা আশাগা তৌবকপা শিন্থাগা—
ঈশিংগা-থাওগা, স্বর্গগা পাতালগা— ।

থকলিবা অমৃতসে হু' গী নিশাগুম
পঙথক্রে হকচাংসে ঈ' য়াওদ্রবা অশিবগুম
ফাজিনখ্রে লৈ য়েংস্থু, থোকখিদ্রে ইরোলস্থু
নহান 'পোক্কী মপোক্ল, হন্দক' পোক্কী মপোকস্থু

"নোংদম থি না তমলমবোই,
অরা তেং-থাওত তমগ্রবোই

লমদম কৈদ চৎলগা,
মফম কৈদ য়োরগা,
পুক্নি' শান্তি লাইরেম্বী,
অরা অনা কোকহনবী ।

লমদম কৈদনো নহাকপু !
মফম কৈদনো লমথুংবু ?
পুন্সি উরোং খিল্লমদ,
অরা-অনা কোকঙমদ ।

চিন্তা কৌবী নহাক্ল,
লৌশিং মৈরা পায়দুন,

লমদম কৈদ পুবিবি,

মফম কৈদ চিংবিরি।

নৈত লায়ব ব্রাখলনা,

লমঞ্জিং মৈরা ওইদুন'।

য়ৌখিগদ্রা পুক্নিং! লমদমদো?

ফংখিগদ্রা? সুংঙাই পুন্সিদ?

মীথিন মীনোক শাদুনা

শাগৈ মযেং তাহন্দুনা।

মীরা মিশা তাদুন',

কল্লক যেংথি হেন্দুনা।

নিংঙমদ পুন্সি হৌখিবসে,

পঙ লবা ঐগী মপোকসে।

অ: লায়ন মাঙইদ ঐগী পুন্সি,

ও: নিংব কাবদ ঐগী পুন্সি।

কাচিখুল

তাং ২২।৬।৬৯ ইং,

## "খোংলখিগদ্রা ? কোকিলদো"

খোংলখিগদ্রা কোকিলদো অমুক লৈকোনসিদ,
মেংন-খোংনা ঐগী থম্মোয় লুকান্নুংদ ?
ফাবদি ঙমহৌদে চাক-তারম্বনা,
রাংলব পামেল'থক্তা চেক্লাদো ;
তাহৌই অমুক্কং খোঞ্জেনদো,
যন্ত্রগুম শুক্সাংপ তান্থাদো !
ঙমহৌদে ফাবদি চেক্লাদো,
ফোংঙমদবা রাহৈনা নাওথেমদুনা।
তম্বীহৌদে ইরোলস্থু খোকঙম্না,
চেক্লা 'তুগী নাপদ পাংদ্রবনা।
খোংলখিগদ্র অমুক্কং লকান্নুংদা ;
কোকিলও ; নখোঞ্জেন খোইথুম্নবদো।
ফংলখিগদ্রা তাজবা মিংকুপকী স্থুরদো,
তাইবং শুক্সাংপা নরাহৈ অমেংবদো।
ঙাইঙমদ অহিংস্থু থাবলদি ফরবা,
নামিবা মলয়া বসন্তগীদি ঋতুদা ;
থরাইনদি রাজবা নংনদি পাইথ্রবনা
তোংলদ্রবদা হম্ম 'মুক ফৈরাথক্তা।
মিপাইবৈজ মিকুপ থুদিং !
নংতবু থিজবদা মিংয়েংসে,
কাওঙমদে কুইথ্রবস্থু মতম্না,
পোংথাজদে ঙৈহাক্তস্থু রাখলসে

খোংলখিগদগে ?  করম্ব যুগতা 'কোকিল' নংবু ।
হায়রমউ ! ....  চহি-চা কয়াগী মতুংদনে হল্লকদবা

নহাক্পু

বিষ্ণুপুর অৱাং লৈকাই

তাং ২৯।৫।৬৫ ইং

---

## "নং নত্তরা ?"

নং নত্তরা ঐবু শেম্বীবস্তু ?
নহাক্না নত্তরা ঐহাকপু লানবিবস্তু ?
নং নত্তরা ঐগী আশাস্তু ?
নহাক নত্তরা ঐহাকপু পেলহনবস্তু ?
নং নত্তরা ঐগী অনিংবস্তু ?
নহাক নত্তরা ঐহাক্কী অপাম্বস্তু ?
চান্নবী নহাক্নি ঐগী য়াইফ-ম্নুংঙাইহনবস্তু ।
'অদুবু ! করিগী থুংহন্দে ?
ঐগী পেন-ডম্ল থম্মোয়দা ।
অদুবু ! করিগী তাহন্দে,
অদুবু ! করিগী থাজহনদে ?
"অশেংবা প্রেম" দো ঐঙোন্দা ।
অদুবু ! করিগী ফংহন্দে ?
অপাম্বদুদি মহাক্কুগী মপুন্সিদা ।
থংলে— লোনম মীনম্বনি নংদি

নংনি মীশুংশি খংদ্রব মীওইপাদি।
"মাঙহম্বা-শেমগৎপা' নংগী নপুৎতগীদি,
নাম্থোকপোই কৈদৌনুংদা তাইবংদি
য়েংউ— নমিৎ-খিৎন কুমৈসি।'
অরা নুংঙাই তাইবংগী লিলাদি।
য়েংউ—নমিৎ খিৎন মেলাদি।

নেংচুপ কমেং
তাং ৪।১।৬৭ ইং

---

## "প্রেমীগী অরাবা"

তাখিবা মমিদো থংমায়দা
কোকখিগদ্রা? নোংনা চাম্বদা?
মুংখিগদ্রা? নৈহত্না মুমৎলগা,
কাওখিগদ্রা? উখিদ্রবসু লাপথোকপ্রগা
পুংমদব পুক্নিংসে ফাজিন্দুনা,
ঙমখিগদগে পুন্সি চুপ্পা।
নিংশিং নিংশিং মতমগী খোঙথাংদ,
য়োশিনখি হৌখি খি ঙম-খিংঙমদ।
হৌখিবা পুন্সিসে মপোকসিনগী,
কাওঙম্লরোই কৈদৌনুংদা পুন্সিসিমগী।
অরোইবা মতমদসু নংতগী,
নুংশি রাহৈনা শরু-পোলাংদগী।

খোকঙমদ নংতবু শোনজবদা,
আত্মানা নংগী নফমদা।
লাক্তুনা খোঙলোইননিং হৌররবদা,
করি খল্লি? পাওহংলরবদা।
হায়য় নহাক তুংইনলকত্রা?
"নত্রগা" হৌখিবা মুংশি লমথুংদ লম্মুরুখিগত্রা?
খল্লবদা ঐসে নংগী নফমদা,
লৈঙপুম পুন্সি কংখোকপ্রবদা॥
নংগী নফমদা লংজরুবা ইরালসে।
ভাকপিরমউ অমুক্তং পাপ চেল্লবা ঐসে॥

হৈবোং পোকপী
তাং ৩০।১।৬৮ ইং

---

## থম্মোয়-লৈকোন্দা

থম্মোয় লৈকোন্দ পোমজবী লৈরাংসে,
খাজিন্দুনা থম্ব আশাগী শম্বলসে,
লৈরাং লৈশাং তম্নগা, শীঃঙওল মপুং ফারগা
নাচোম কৈদ রাংকনি,
লৈথেং চামা থেংকনি,
অখন্নব লৈরাংনি খন্দুনা, পুন্সি সেম্পাক্ত হাপ্তুনা
'পুক্লিং মকা ঙামদ্রনা,
'হরাও তুজুং লোইননা,

তাইবং শেম্বা মপ্পদা,        কৎকনি মাগী থুম্নাদা,

লৈরাং কৈদা ব্রাৎলুনি

নাচোম কৈদ ব্রাৎকনি

খনজবা ঐগী ব্রাখলদি,        মপু মাগী থৌজালদি ;

'বিধি' মানা তমস্নুনু,

পুন্সি মহৈ য়ানস্নুনু।

× + × × + +

"থম্মোয় লৈকোন্দা পোমজবী লৈরাংসে,

থাজিন্দুনা থম্বা আশাগী শম্বলসে।

লৈরাং ওইবা মপোকসে        য়েরু তিংখংনা কোয়বসে,

"মপু' মাগী শিন্থাবা ?

লৈরাং মাগী মরাল্লা ?

য়েরু তিংখং কোইস্নুনু,        লৈরাং লৈনম, চেন্দস্নুনু ;

লৈরাং লৈহি চোল্লখিনি,

শীংঙেল মহৈ য়াল্লখিনি।

অহুক করি চিংনরি.        অহুক করি খুইথরি ?

লৈরাং পুন্সি কেমদরি,

লৈহি থননা চেন্দরি।

কলক চাওবা খোইমুনি,        লৌমম হৈবা শকতমনি।

লৈরাং পুন্সি কেমথিরোই,

মচু খুদিং ওনথিরোই।

+ + + + + +

থম্মোয় লৈকোন্দ পোমজবী লৈরাংসে,

খাজিন্দুনা থম্ব আশাগী শম্বলসে।

তরাই-তরাই হেকখিরোই,    নাচোম লৈ-থেৎ খংখিরোই,

লৈরাং খুদাপ ফাবগা,

লৈহি থন্ন চেল্লগা,

পবেং নাতৈ শেমজগে, লৈপেৎ চানা থেংচগে

নিংজরুবা ঐগী পুক্লিংসে,

খল্লুব ঐগী ৱাখলসে।

পুন্সি শেম্পাক হাংলবোই লৈরাং লৈমন চল্লবোই

'মপু মানস্ত চান্দ্রবোই,

'নোংদম্ব ' মানস্ত তমদ্রবোই।

মিকুপ শিৎপা মালংদ, লৈবাং লৈখোক লোয়বদা

পাম্মুই পাম্মুই শোনৈদো,

শীংঙেল মহৈ য়ানদো।

\+ + + + +

থম্মোয় লৈকোন্দ পোমজবী লৈবাংসে,

থাজিন্দুনা থম্ব আশাগী শম্বলসে।

হুখিনি খল্লী হেক্তুনা কনান,

পুনখিনি নাচোম, শেমদুনা কনানা;

চাইজবি লেপ্পুনা শিন্থরকপা পি তনা,

শোমজবি লৈ-খোঙ নতগী লাইনিংনা।

বিম্বপুব

তাং ৪।৬।৬৪ ইং

# চৌংগী ওৱা অমদা !

হাদ ! মরুপ পামহাইবা ! লাইর শীংখোং থৈরিবা !
 হুনাং মরিক কাববা, খোংয়া তুমবৌ য়ুবর,
গুরু মরু ফংহল্লু, 'ক্ষিদম' নিংচৎ লৈহল্লু
নথৌ-ইথৌ পাংবনি অৱা-অনা পুন্সিনি ।
কায়ন শেংনা মৈচাক্লা, নদোম ঙাইরে থন্দুনা,
মোংব নাক্পী নরানয়াই, খোইরি লমদম নিংশিংলক,
কাওদবোই ॥

—চুমই    মরুপ ! মতমসে কুইখরে !
পলেম ইমা অশোনবী, ইচল মরাইবক থিরবী ।
তরক-তরক লৈরমনি, নুংশা থিনা শোল্লমনি ।
শাগৈ নাতৈ চাওদব, কুনগী নোংহৌ লেপ্পবা,
লাইর খাংপোক নোংয়ুবা, ফল্লাং কিন্থ অহোবা,
চোংলয়নি ইমা তুশোনদিদো, ৱারৌ চাওবী ইচলদো ।
হাইয়ু লৈচিল নোংগুম্বা অয়ুক নুংথিল তাক্কুবা ;
তম্প্যাক লমদম উবরা ? লোকচপ, লোকনুংদৈ
হৌরকপরা

লোক্তাক-পাংতৈ পাইরকপরা ?
লাইর খাংপোক হুমদোকহৌদবরী ;
ইখুল লমনুংশি···ফাওরকপরা,
পলেমনা করি-শোলহৌই, ইচলনা করি পাওজেল্লকই ।
—তোকলো মরুপ তোকলো !
করিগী থম্মোয়না তেংথারি, খাংওমদ মৈচাক্ল পেহৌরি ।

পুকচেল চাওবা উৎলমউ, 'মাতৃ' সেবা তৌরমউ
চৌংদ শাৎপা ইঙেললৈ, চিন্নদন, কেনখিব কল্লকই
ও-কল্লই

কলক চাংদি তাকুনু, ইঙেললৈ নাচোম চিল্লমউ,
লৈবাং লৈমন চনথ্রগা, শীংঙেল লৈনম ফাওদ্রগা
মদোম চিন্নদন কেনখিবা, ইঙেললৈ নাচোম পৎখিবা
লৈ-জাৎ বিজাৎ খায়রকপ, অমাং অশেং থিরকপা
সমাজ মীনোক মরুম থুম্ন মৈতৈ 'গোবীয়া' য়েংদুনা
নশাগী 'ওইজ' তাল্লকপা লৈবাং মদোম কপহৌবা
থম্মোয় শন্নথ্রবা শক পোম্নংদো,
মথরাই যাওদ্রবা হকচাংদো, য়েংবা ঙমজবোই ঙমজরোই।
—হাদ পাৎং পামহাইবা, চৌংমাই মুঙাইথক্ত পাময়ানবা
হন্ন অমুক্ত য়েংলমউ নুঙা মাবুদি কাওবিনু,
মৈতৈ সমাজ লৌংলনি কলক য়েংথি কোক্লনি।
চা·তম লৈপ্তনদি, মাসু ঐস্ত অমত্তনি
লঙ্গী লমথুংম্ম অমত্তনি।
থুজেং পানোয়নদুনা, পুকচেল তিন্ন খোম্হোক্ত,
—হোয় মাংবর্স হৈয়াহে।।
'ব্রাকোলওঃ ব্রাকোলওঃ
চাংদ ওবা ব্রাকোলনা, তমদ তাগে হায়বেনে,
তংদ ওবা ব্রীকোলনা, চৌংদ তাগে হায়রেনে,
ব্রাকোল ফাসে লীফাসে ব্রাকোল তনোই নোই'
তনোই নোই।

ইম্ফাল,
তাং ১।৮।৬৯ ইং

# মতমদো

পাংদবনিবু হায়সিরা লাইবক্তবু তাইনসিরা ?

খোল্ল-গোবিন্দ তারা-থবি লেল্লসিরা ?

কলক-মিহৌ লাংলক্তা,

অরা-পুন্সি মায়ওক্তা ।

খল্লু-খল্লুরগা খোইশাওই ।

য়েংল্-য়েংলুরগা খোইরাংই ।

মপোক লাংলোন 'সিমগী,

ফংলরোই খল্লুবদা মপোকসিমগী ।

তমলমদ্রবদা ' বিধিনা'' লাইবক্তা, ইরমদনা পুন্সিগী লামায়দা ।

মাঙগ্রস্নু, মুৎগ্রস্নু, তাঙলস্নু, তাঙবগী-তাঙবা তাঙগ্রস্নু ।

মপোকসিগী উবা ফংদ্রেদো,

থাপ্প লৈহৌবে মতমদো ।

তাঙকক তাঙকক ককথরে ;

মতুপ মতুপ তুপথরে ।

কদোমদা অমুক হল্লুনি ।

মক্ষম কৈদা ফংলুনি ।

মচোয়-মচোয় চাইথরে, মতং মতং তংথরে ।

কনা-উদ কনানা খংবিদ, কেমগিনি পুন্সি অরেম্বদ ।

মিৎতাঙবগী পুন্সিনা কদায়দনো ?

পান্থৈ 'চৈশুনা' কদোমদনো ।

থিরুগদবনা কদোমদা মমথ্রেদা ।

ফংলরোই মতমদো 'মুক ঐঙোন্দা ।

কাচিথুল

২।৩।৬৯ইং

# "কনানো" ?

কনানো। ঐবু পেলহন্বা ঙমলবা,
অরাবদগী কোকপিবা নিংঙদবদগী লান্নীবা।
কদায়দনো ? অচিকপা থম্মোয়মুংগী তান্থাদা,
য়ৈরবি ! তত্তনা কামদেবগী ডমরুদা।
খল্লকই মওন মওন কদায়দনো ইংগদবা,
কনানো ? ঐবু পেনবিবা ঙমলবা।
থীল্লিবা— পুঙফাসে থম্মোয়মুংগী অহাংবদা,
তারনে— খোঙেনদি উঙমদ অচিকপদা ;
তাবিবা খোন্থাংসে ইলাপ লাপ্তনা,
নিনখ্রে থম্মোয়সে, চেৎখায়বা ঙমদনা
তানিংবসে থংদবত,
যেংনিংবসে অনৌবত,
তাদ্রবদা মুংওল্লী
উদ্রবদা খোয়য়শাওহল্লী।
মেনশিল্লসিবা ? ইনাসে চংদনবা খোঙ্জেংদো,
কোথোক্লসিবা ? ই মংসে উদনবা অশেংবদো।
কনানো ? ঐবু পেলহনবিবা ঙমলবা,
অচিকপদা পুবা খোঙেংদো তাদব।
য়োইহনবিবু ঐতদি অচিকপদ মফমদো,
থা-দ-নবা তাহাদো শাঙমদ্রব পুবচেন্দো।
কল্লক-য়েংথি নৌতবা, অপাম-মুংশি য়াওদবা,
চিংবিয়ু ঐতদি, লমদমদো য়োনবা।
কনানো.........ঙল্লবা।

হৈবোং পোকপী
৭।২।৭৬ ইং

## "অপোম্বা-থম্বাল"

য়েং বদি নুংঙাইরে পোম্বোমত মতৌরি।
লৈশাংত তম্লরি মতমদো মঙাইরি॥
অয়ুক্কীদি ঙঙ্‌না কোরৌহনবগীদি মায়ওক্তা।
মালংগীদি ইপোম হৌ ঈনোংকীদি ঈথক্তা॥
চোংলবা লিক্লানা মুক্তাগুম।
থম্না খেঞ্জোংনা খুজোকুম।
থম্মোয় পুক্নিং হু-নফম।
তাইবং জীবগী মিত ফম॥
শুক্নৎননি অমুক্তং উবদা।
মাগী পুন্নুম মকাদ।
তঙাংলব কুচুতা মহি-লাংবা "স্নাগুম"
ঙাওদবা কনা য়াওবগে শুক্নত্তবা শগোই-
দাকুম
কজনা শাংকে নিংথ্রবোই।
থম্মোয় নুংগুম কনথ্রবোই॥
মতম চাদে তাল্লুমবোই।
লৈরাং পুক্নিং চেংথ্রবোই॥
থম্মোয় মকা লামদেদো।
পুক্নিং অনি লোংদেদো।
ফুগায়না শাংকে নোংদমদা।
নথম্মোয় পুক্নিং খোইদদা॥
কল্লক চাওবা তাইবংদ।
মীনোক মীশা তানিংদ॥

মীহৌ চাওবা খোইমুবু।
য়েক তিংখংনি খনববু ॥

লৈরাং লৈশাং তমখ্রগা।
পুন্সি লৈমন চনখ্রগা ॥
অরেম্বা পুন্সিনি খনখ্রবোই।
লৈমন চল্লনি মিপাইবোই ॥

শীডেঙন করি পুকচেলনো।
লৈরাং করি রাশকনো ?

খোইমু কৈদ পাইরনি।
তাইবং ঈচেল লেপখ্রনি ॥
ঈহৌ ঈনোং চন্দ্রগা।
লৈক্রক চংন কংখ্রগা ॥

লৈরাং কবম নোংদংনি।
লৈশাং লৈনম চেলংহৌনি ?

হোঃ থম্মাল লৈনম চেন্বী।
নংগী তবু খনবদা পোম্বোম্বী ॥
থম্মোয় ঈহৌ শিন্থবে।
শিংলু লৈ না থুমখরে ॥

পা-গী পল্লী নিংথায়বে।
তুম্ব-হিপ্পা চংখিদরে ॥

লাইবক ফবী কনাদি।
মুংডাই তুমথুল তাম্বদি ॥
থম্মোয় মকা লাম্লীনি।
পুক্রিং পেম্ন নোক্লিনি ॥

## শাৎতনা পোম্ম লৈরগা।

### লৈরাং লৈশাং-তমদ্রগ ॥

কনা পুন্সি চম্মদ।
শীংঙেল লৈচন য়াওহৌদ ॥
লৈমন চনগে খনবনা।
মুংদ হকপা ময়েক্কা ॥
লৈনম চেনবা-লৈতনা।
পুন্সি 'অমর' পাম্মনা ॥

লৈরাং লৈশাং তমদেদে।
থম্মোয় ঈহৌ চেনদেদো ॥
অপাম-মুংশি য়াওদেদো।
অরা-মুংডাই খংদেদো ॥
নংস্তু মাগুম চেৎপবা ?
থম্মোয় মুংগুম কনবরা ?

হোঃ থম্বাল শকনৌবী।
মনা-রক্তা পোমজবী ॥
অদুক মিপাই থিবদি।
মীহৌ লাংবু কিবদি ॥
মথংলেন 'থম্মোয় পুক্কিং শকখংদ।
মুংশি মিনোক চাংয়েংদ ॥

লৈরাং মথোই কাবরা ?
শীংঙেল লৈশাং তমদবরা ?
অরা মৈশা খাংবরা ?
সমাজ মীনোক কিবরা ?

লৈ হি পাম্বা খোইমুদো।
শকলোন পুবা মহাক্তো।
থাবল ফবা অহিংদো,
মুংখিল পাংথক থোকপদো॥
খোইমু মাগী মরাপলা ?
থ জ মাগী খোশিল্লা ?
"মাগী' পুকচেল শংববা ?
লোনম শায়ওন উৎপবা ?
থম্মোয় ব্রাশক কনবনা।
নিংবা কায়বা লৈবনা॥
খোইমু মাবু কিবনা।
শীংঙেল লৈশাৎ তমদনা॥
লৈজবা পুম্ব কংথোক্ত।
'মপু' ফমখোঙ য়োঙমদ॥
লাইজ থক্কী ঈরোন্নুং।
ইবাং থক্কা ঈহন্নুং॥
লৈবাং পুন্সি কেম্বীনু।
পুন্সি পন্থুংনি থনবীনু।
লৈরাং লৈ-না ইচোয়-চোয়।
পোম্বোম লৈখোক ইলোয়-লোয়॥
থম্মোয় ব্রাশক ঙাকপিযু।
অরা শাংবা তশ্বিযু॥
ভাইবং পুক্রিং পেনবদি।
থম্মোয় মকা লাম্বদি॥

লৈরাং নংতনি "অপোম্বা"।
'খোইমু' মাগীসু অপাম্বা ॥
লৈ-হি লৈরোন চেল্লম্বা।
মুংশি মনমসু অথোইবা ॥
প্রলয় মৈরিসু কোকহনবা।
থম্মোয় শুম্নাংপা পোকহনবা ॥
হায়নৈ শোম্নৈ অশেংবা।
লৈরাং মাবুদি 'অপোম্ব' ॥

উরিপোক
তাং ৭।৩।৬৯ ইং



লোইরবা